## মণ্ডাপুপা মতাং

# ঐ নিংবা মায়বা

ঐনা ১৯২১ দগী লোইনজরকপনা ১৯৭৯ ফাওবা ওঝা ইবুংঙো মায়িপোক পোইরোখো জলদা লৈবা লাইশ্রম মেরা অমদি পুয়াম লো হ'য়ী অনিদা। ঐখোয় আখ্যাইগী চংজকম হংক্রকম ওই- রবা লাইনিংহল অনিদা ঐনা পামজবদগী মৈতৈ ঐখোয় অসিবু করি লাই নিংবগে অদুগা করম্না লাইশোল শোল্লসগে, হায়না হংজবদা হাই হাই ইবোং মৈতৈ ঐখোয়দি 'ঐ' নিংবনি লাইশোলনা ইবুংগো লোংতোল লাইরেন পাখংবগী (হ'য়) মিংথৈখেলেনবু লাই- শোল ওইন শোল্লি হায়না ঐংঙোন্দা ওঝা অনিনা তাকপিরম্মী।

তাকপিরম্বা অসিদা চুম্বদা হাইহে মখেদা তাকপিরমদে মথাগী শলোক মসিগা কোয়না তাকপিরম্মী। মহুদি :-

কঠৈরি চঙনা বনা বনা কিরওবনতা উদাস হায়বা শলোক অসিগা কোননা তাকপিরম্মী।

হায়রিবা শলোক অসিনা তাকলিবদি চঙন হায়বা পোংশক অসিদি শ্রীহরিনা মাঙা পাম্মী হায়তুনা বন বন্দা চংতুনা চঙনবু

কোইনা থিরুম্বগা চগুনদি মহাকী মখোংদা লৈরুমলে হাইনা হায়রি।

মরম অসিনা লাইনিং লম্বী লাইনিং লিচং অসিদি য়াম্না কুপ্না য়েংশিন্নবদি ঐখোয় মীওইবা অসিদি লাই হাকা ও য়ম্রে মরম অসি লৈবনা ইপা — ইপু লাই গুরু হায়না থমবিরমলে থম-রমলিবা অসিনত্ত অরেপ্পা ওইনা লৌবদা থোইনা লেমজনিংঙাই ওইখোকলে।

লাইনিংবা হায়ব সি অপংবা মী হাংপা ভম্বা ভমথিবা লমচংপু থাদোক্লগা শিংবা ভম্বনী শিংবা চম্বা লমচং অসিদি য়াহৈ লোন-কম কাইরোই কৈথা নোনবা হুংগুম্বা চংকনী অহুগ হায়না চংপা লমচং অহূবু লুমাং কোংনেম লৈকোইবা হায়বা লিংখোল অহুবু মংনেনবা চংপা ভমগঙনী।

কত্তবা ভমথিবা মী হাংপা হিংচায়াইভম্বা হায়রিবা লমচংশিং অসিবু থম্বিয়ন্নিবা ইয়াম্বা খুমাং ওইবনা লাইনিং লিচং ১৬ কী মনুংদা কত্তবা লমচং অসিবু শামু নমদা হলা লোক্লা থমলগা — অকবা লাইগী লমচং ৮ অসিবু চংলগা নশা নশানা লাই ওনবদি শোইদনা ওইগদবনী হায়বা অসি অরেপ্পা য়াফম্নি।

মতম খুদিংমক্তা মীবু লাইনি হায়বা য়াথল অসিবু থক কাও-রোইদবনি থয়াই ৫ বু মশক থংনবা শিগনি লে ইমববু থিজিনবত্ত থকত্ত কাওরোইদবনি চাবনা করম্না চাবা হায়বনিত্ত ভমগদবনী।

মথাদা ঐহাক অসিনা করম্না মকম কদাইদগী লাকপা_লাক্লগা কনাদা পনবা পল্লেন ইয়ানা ঐহাক অসিবু থামুং ১০ নাওপুথিন্না

লাইবং অসিদা মীওইবগী মপোক্তা পোক্লরিবা ইমা—ইপা ২ গী খোমলাংগী লমন শিংননবা য়োকপিমনবু থংলগা—শেমবিমলবু থংননবা হোৎনবনা ঐখোঙ্গী মীওইবগী ইথৌ নি হায়বসি মতম খুদিং-দা কাওদবনা মীওইবা ঐখোঙ্গী অথোইবা ইরমী, কায়বা থংনবা ওইজববু তাম্লনবা লানদবা কায়দবা হায়রিবা লমচৎ অসিদি লাইগী লমচৎ অথোইবনী, লাইবু নিংত্রবা থরাই পানববু শুংশিবা থংত্রবা মীশক অতুদি মীও বগী মপোক্তা শেল তোংত্রবা মীশকনী হায়বসি ঐখোঙ্গনা চেংনা থাজগদবনী মতম খুদিংদা হয়িগী মিংখৈলেনবু কাওরোইদবনী হয়ি হয়োহে।

লন্দক্তী "ঐ" হায়রদা পোৎশক অসিদা চল্লিবা অসিদি কোয়ৌ—অমস্তুং যালেম—নুমিৎ—থা থরানমিচাক্লচিংবা পুম্নমক অসি লোইনা হাপচিনবদা লোইনবা চল্লমলে, অসিগুম্লবা ঐ নিংবা লাই-নিং কায়বা অসিদি মৈতৈ এখোঙ্গীতগী নংলমত্রে তাইবংদা পোক-ি বা মীপুম খুদিংগী ওইরম্লে। ওইরম্লবা (ধর্ম্ম) শু অসিদি লাইনিং লিচৎ মীরৈপাকচা খুদিংদশু থংহনবগী দরকার ওই।

হায়রিবা লাইনিং অসিবু নিংলবা চৎলবদি তাইবংদা পোক-লিবা ঐখোঙ্গী মীপুম খুদিংমক অসি অমবু—অমনা তুকচবা হং-গোয়বা লৈতবা শুংশিননা লৈমিম্লবশু য়াগনী হায়না থল্লি। অতুগা অয়াং অপা লৈতনা পানমিম্লবশু য়াগনী থল্লি, হৌজিক মীয়াম পুম্নমকশু থংনরিবা চৎনরিবা রাজনিতি—ধর্ম্মনিতি হায়রিবা পোৎশক ২ অসিবু, মুপা অমম্তুং নিপি ২ বু হায়বতনী অতুনদী ধর্ম্মগা—রাজনিতিগা ২ অসিশু খুৎশম্লনা চৎমিন্নদবা য়াজবা রাকপী

হায়রিবা ধর্ম্ম য়াওজবা য়াওনিংবি অহুম ঈংনা তপ্পা লৈপাক মরা ভপ্পা পানবা হায়বদি থক য়ারোই। মহুগী খুদমদি নিপি য়াওদনা পাম্নানা য়ুম পানবা য়ুমবু অহুম্ন হায়বদা থোইনা হায়রবা থোকলোই হায়না থাজ

মথাদা চন্দক্কী ঐ নিংবা হায়বা লাইনিং অসিদি য়াম্না কুপ্পা য়াম্না লুবা খিজিনবগী লোইবা লৈরবা লাইনিং অসিবু নিংবা ১সুং চংপা তারবদি হৌবদগী লোইবা "এমগী ওফজেকপু" থংগদবনী নত্তনা ঐদি অহুম্না ধর্ম্ম অহু চংপনি হায়না লৈথাকপ মীয়ামগী অমাংবা ওইগনী।

থংগদবা মতৌদি ঐগী ইংখোল ঐগী ইয়ুম, ঐগী ইশা অসি পুম্নমক লোইনা থংবা তাবনী ঐনা করি ওইরিবা ঐনা করি তৌরিবা ঐনা চংলবা ঐগী ইরমচং ঐগী ইরান অসি খুদিং অসিবু লোইনা থংগনী ঐনা থংবা নত্তনা মীনা ঐগী ইরানদি কৈদৌঙৈ-দন্মু থংলোই ঐত্তনা ঐগী ইরানবু থংগদবনী।

হায়রিবা অসিবু থ লবদি অকনবা খুৎশু-খুৎলাই শাবগীশু থোইনা মখো তাদে চৈরাপ কোর্ট লিংবগীশু থোইনা দরকার লত্তে ঐনা ঐগী অরোইবা মুনিত্তা মুংশিজংব ইপ, ইমা ইচিল ইনাওশি বু কনাশু হনমিন্দবশুম্না ঐগী ইরান অহুম কনা অমত্তা য়াওবা ইনবা থকশু য়ারোই লম্বী মশক থংবা থকশি থাশি থংবা য়াম্না খুমাংবু থংবা লৈমা-নিংথৌবু থংবা রাখলনা ইপাদ থম্লবসু লমচংতি ইমাদা তমগনী হায়বসি ঐ নিংবগী মচাক্কী হায়বা অসি মতম খুদিংদা কাওকরোই।

হন্দক্কী ঐ নিংবা হায়বা লাইনিং অসিদগী থোইনা হেন্না ৱাংবা লইনিং অমা কৈরুবমায়ে হায়না খঙবদি ঙপা ইপু ওইবশিংনা হাকপীরম্বা প্যাওরোলদা কঁয়ি অমুক হায়রি—'হৈচাশা ঐ মশক খঙউ' হন্দক্কী ঐ হায়বশিংদি মালেম লৈন্নুং থোগায়দুনা থিক্করবগু ফংলক-রোইদবনি: অদুগা লাই হায়বসিদি অরাপ্পদা উম্নগদবা নত্তে নক-থন্দুনা উনবনে। মরম অসিনা হন্দক্কী লাইনিংবা হায়বসিদি ইশামক হঙদনা চিংগু লাইবু ফংজমলোই অদুনা ঐ মশক খঙলবদি লাই-বু শুং মশক খঙবা গুমগনি হায়না তাকপীরম্মী।

আসেম ইবোবী মৈতৈ
লংহুম



## তরুকশুবা মতাং

# মৈতৈগী লমজিং

হনক মৈতৈ চংলম য়াংবি অমাইবশিংগী অমাইবা পুরেনন পুখংশিরক্লুনা ধর্মগী ওইবা রাকমদা লাইরিক মচা অমা ওইনা থোক্লনবা হোৎনবিরকপা অসিদা ঐনা ইয়াংবা অসিবু খাংহৎচদবা ভমজদে, মতম শাংনা খুমকম — অমস্তুং থিকম হংকম থংদনা কং ভাওনহনা লৈরম্বা ঐখোয় অসি হৌজিক ইপা — ইমা মশক থংজরে, মচুদি —

ময়েক্লা ঐখোয়গী ইপানি — ইরোম্বা নখোয়গী ইমানি কায়না অসিত য়াবা অসিগী য়াথংদগী হাজরে. অমস্তুং থংজরে, মথাদা ভাইবংদা পোক্লিবা নমু ভাইবং মীওইবা থুদিংমক অসি লাইনি মাগী মাগী — ঐগী — ঐগী ইরমচংনা — মরমচংনা হিংচাবা ওইহলবনী হায়না ভাকশিবা অসিদা ইনা অহানবদা হেক হাঙ্কবদা ঐনা মপালদি খোক্তনা পুক্লিংদা খল্লি কব্বিনো ঐখোয়গী ওজা অসিবু তাওরবরা ঐখোয় মীবু লাইনি হায়রিবা অসিবু হায়না খল্লুই অহুবু

মতুংদা অকুম — অকুম থনচিল্লুরগদি লাইগুরু হায়না থক থকবা মতাংদা শিক্লিনরম্মী রখল অতু হেক কংবদা — অমুক্তা থম্বে মহৈদি অতৈ অতৈ মরুম কদাইদা শিজিনম্বগে হায়না অমুক মেংবদা লিংথোবু লাইনিংথৌ থাগেম্বা স্নাহাক্তক্তা হায়বা অমা অমুক থেংনবৈ হৌজিক্কি থনজিল থনজিল্লুবগা ঐথোঙ্গী ইরৈপাক অসিগু লাইরৈপাক হায়বত্তবু অশেংবা ওইরমলে ঐখোঙ্গী অসিনা খোইমুম লাইগী মচা মগু হাক্তা ওইরমলে।

অদুগা ঐগোঙ্গীনা লোম্লিবা ইমালোন অসিনা ইমা লৈমরেন সিদবীগী শক্তম ওইরমলে অদুগা অমনা য়াথবা অসিগী মথৌজাল-দগী লোইহবি চিংলোন মপালনা কোঙ্কিবা অসিনা লৈপাকী লৈখোইরেননী হায়বগু থংজরে — অদুগা মালেম থক্তা হৌরিবা লোইহবি চিং খুদিংমক অসিনা থমথালগী লৈনানি হায়বগু থংহল-বিরে — শিংলেন লৈমিং লৌরগা লৈপাক হায়নগু কৌবনী — লৈগী লৈমিং লৌরগা" লৈমমোল হায়না কৌবনী — অদুগা থমথালগী লৈনা মথক্তা লৈপাক লৈসি হোই হায়বগী অসিগু কৌবনি হায়বা থংজরে — লৈনা লৈনা পাকখোকলকই হায়বগীবু লৈপাক হায়নগু কৌখিবনী হায়বা অসিগু পুক্লিং শেংনা থংজরে।

অদুগা ক্রৌ হুমিং চৈশিংথিনরিবা অসিগু কৈদৌনোংগীনো হায়বা অদুগু থংজরে মহুদি — চসি — হয়েং — হংচিং — মশেম — ম.থৌ মকাপ — মশিং হায়বা অসিদি অদুগৈ থমথালগী লৈনা মথক্তা মালেমগী লৈপাক লৈসি হৌখিবদগী লৌরগা খোনখিবা ক্রৌ

ো:ঙা ভরেংগী হায়বও কংঙায় মতুদি লৈনাগী মথঙা লৈপাক লৈ শি পৌই হায়বগী অসি—য়েংনা য়েংনা হাপ্পি হায়বগী থয়েং—থমবাল লৈনা অমগা—অমগা হংচি লাকনা হাঁপ্প হায়বগী হং চিং—পেপ্পা শানা হাপ্পি হায়বগী মশেথ—পৌনা—পৌনা হাপ্পি হায়বগীবু মরো—অতোংবদগী অকুৎপদা কাং কাপপগুম্বা কাপতু· হুইরেন থানা হাপ্পি হায়বগী মকাপ—সিং নাননা পেম্বী মশিং কৌনা কোপোই মিংথোম্নর্গনি হাইবও থ ভয়ে হায়রিবা অসিদি মীওইবা অমা ওইনা পোক্লবদি ভঙাই ফ·না থংদবা য়াত্রবা মচাক্নী।

মখাদা লাইনিংবগী কান্নবা মরম কবিনো অমসুং কয়ানো অহানবদা নাদনবা—অনিশুবদা লাইরদনবা হায়রিবা অসিদি মীওইবা খুদিংমকী ওইবা ভংঙাই ফম্নবা মুমিং খুদিংগী কাওফত্রবা রাকমনা, মতুদি নাবু নাঃবদি ল ইশু নি ে, অনাবা অ২ নিংলগা মচুংব থোকলে—অচুগা লাইরববা অমা লাংনিংবা ওমত্রে লাইর বা অত নিংলগা অচুম্নম ভোক্লে মরম অসিনা য়ান্না ভমথিরবা শাহিচাগী লমচং আস ওম্বা মথৈ লানথোকপা ওমনবা থোংনবদি লাও ঃ ৮াদ অচুম্বা অরেপ্পা লম্বীদা থাংলগা মরনাই কান্নবা নংনা লৈপাক খ্বাইগী কান্নবা লম্বী অ·দা মীয়ামগী পুক্লিং চিংশিল্লগা মৌবাল ং২ নংচুনা ধর্ম্মগী লম্বীদা চংশিললবদি নোংমগী নত্তে নোংমদি অকবও—কতুবও চপ মাননবা ভকশোই হেক পোইদনা নম্বেল অমভদা ৎংশনবা চংশিনয়রগনী হায়না থদ্রি।

মথক· শনক্লথবা থমবাল লৈনাগী মশক ওইরবা লোইবিচিং

খুংদিংমক অসিনা মাইকৈ অহুমদগী মথং—মথং লোনথংনরগা থমবাল অমগী লৈওং তাগনী—অহুগী লোনথংকদবা ময়োন থক্তি লোইজিংগী মথক্তা লাংকোলনাচংবা লোনথংপা—ল্যাংকোলগী মথক্তা ললহানপুং লানথংপা—মথায়োমদা থাংজিং চিংজায়—শুগুহুনচিংবা অাঁসগী মথক্তা ললঙমচিং লোলথংপা লোকপা চিংগী মথক্তা চিঙো পিঙম লোনথংপা—অহুগা নোংপোক লোমদনা শিথোং নিঙেল চিংগী মথক্তা নোংমাইচিং নোংমৈপুংনা লোনথংপা অশুম হায়না মাইকৈ খুদিংদা লোনথংরগা থমবাল অমগী লৈওং তাগনী। কথাদা মাননবা ঙুংঙম :—

অহুংম্না মীও বা ঐথোঙ্গ খুদিংমক অসিগু থমবাল অমা ওইনা শাংলকপান ঐথোঙ্গ—ঐথোঙ্গগা লোইরনকখিবা নাওকম অহুনা থমনা থেমচোংনী হায়বা অসিগী খুদম অাস দাক্তরশিংনা থেম্না কুপ্না থংলবনি ময়ম অসিনা য়ালেমগী থক্তা পাল্লিবা তাইবং মীপুম খুদিংমক অসিদা লাইনমক থমবালগী লৈকা পাল্লিবা ঐথোঙ্গ ইশেলনী চপ মাননবনি ময়ম অসিনা য়ানবগী মতুংইনবা ধর্মগু অমত্তা ওইনা চংপনা চুমগনী অহুগা লাইনিং লিচংগু অমত্তা ওইনা চংপা হায়বা অসি মশানা অহুম্মক পুজরকনী।

মথাদা মহুদি তাইবং ঐথোঙ্গ খুদিংগী হথয়াই ইমিরেন ওইরিবা (হরি) মহাকী কোলোই—মিংলেন অসিনা অচান মীরাই লৈতনা অথংবা থংদবা আহৈব—হৈতবা লাইরবা য়েনাক খুলবা অকনবা অশোলবা থাক্তনা চপ মানননা হিংগিরিবা ময়ম্বা নোংমগী নত্তে নোংমদি ঐথাই পুম্নমক অসি অমতনী হায়বসি শোইদনা

হর্ষগী লাইশোলশিং অদু মানা মানা পাম্ব৷ লাইশোল অদু শোন-লগা মখুং মখুংডা মাইকোল অমমমম পাইহল্লগা মচিন ১ ৃিন্দা শোল্লবা মতুংদা পুলিসনা গাট তৌরগা মাইল অহমদং লমজেল চেনহনবিয়ু মতম অদুদা (গোট) অমম্বুং (ঈশ্বর) অদুগী ফিংখৈ অত্তু শুকশোই হেক শোইদনা থোকলকনি—থোকপা অত্তু মীয়াম্না অরেপ্পনি হায়না লৌবিয়ু কনানা জিশু—কনা আলাহ—কনানা হরি—কনানা বুদ্ধদেবা কনানা রাম—কনানা কৃষ্ণ—কনানা গুরু গোবীন্দ—মহাবীর—(হ্যি) অশুম হায়না মাগী মাগী লৈজ লৈজবা অদু পুথোক্লনা অমুক্তংদা য়েংনা থোকপিয়ু হায়না নিংশিংজরিবা অসি ধম্ম দা শিংনবা নত্তে অসিদি মশুম অসিগী ওইহৌগদোবা ইতিহাসিক অমগী মচাক ওইনা ভানজবনী অয়ানবা—অশোইবা লৈরবশু লৈপাক মীয়াম্না ভাকপিগনি হায়না ঐনা থনজ্জে মরমদি ঐখোঙ্গ মীওইবা থুদি অসি কনাবু অতোপ্পা অমা ওইনা খঙদে কম্নাগা—নোকপগা মাগ্নরিবা মথৈ মৈতৈ ঐখোঙ্গগী ইচিল-ইনাও ভাকনী হয়ি—হয়া হে কেংলোই হয়ুম—হয়ুম—হয়ুম॥

থোকচোম মধুমঙ্গোল মাইবা

য়াইকোম্বুং ইম্ফাল॥

# অয়েংবা মতাং

# মৈতৈ-নাৎ (কষ্টম)

তাং ৮। ২। ৮১ ইং দা মণিপুর সনাকোন্থং দরবার হোলদা ফিনখিবা মীফমদা, মুন্সাম-চা বুদ্ধিচন্দ্রনা "মৈতৈ নাৎ" কী (কষ্টম) হায়বা হিরম অ সং। ৬'৪ খিবা য়া.কাও।

য়েলহৌমৈদগী পাখাঙকোক পুখাংকোক মথং মথং লেংগল লেংসিন্দুনা চৎনরক্লবা মৈতৈ ঐখোয়গী ইনাৎসিং অমম্পুং চৎনরোল-সিংবু মৈতৈসিংনা চেৎনা লূনা লৈংই। ঐনাৎকী অয়াবা শরুক মৈতৈসিংনা হৌজিক ফাওবা তাক্লি। মৈতৈগী চৎনরোলসিংগী মতুংদা য়ায়া ফজরবা অতৈ কাংলুপসিংনা ভমজনীংঙাই ওইরবা শরুক কয়াম্তু য়াওরি।

মৈতৈ.সংনা ফুম অমা সাত্থনা লৈরবদা, লাইনিংথৌগী খুকম অমা লাইরেলবী লৈমায়েলগী খুকম অমা য়াত্থনা থমৈ। হৌজিকতা অনোবা থওংগী ফুম কয়া সানরক্তুনা লৈমরেলগী খুকম য়াবা ভমক্র-বন্তু লাইনিংথৌগী খুকমদি শোয়দমক য়ানরি। মসিমক মৈতৈ নাৎসিংগী মতুংদা য়ায়া ফদত্রবা, অতৈ কাংলুপসিংনা ভমজনীংঙাই

ওইবা মওংনি। মসিনা থৌরায়গা হকচাংগা মরী, মৈমৈ থৈরাব পানবসিংনা লাই হায়বসিগা লৈনবা মরী, থুপ্লবা লম্বেল অহুবু ইরাই লায়না খঙহল্লি।

খুৎলোনগী রাখলদা।

মীওইবগী চুংনবম ওইরিবা, লৈনরিবা য়ুম অহুদগী ভোগ্না নক্রগা থাগ্না লাইগী খুৎকম্ লৈগ্রবদি কাওবা নাইবা অমসুং ভনবা নাহবা মীওইবগী মপোক্কু। নোংম, নক্তগা নোংমদি কাওদনগী নক্রগা ভনবদগী লাইগী পাওভাকসিংবু সোয়বা অমস্থং নোংমগী তোগদবা থোগলশিংবু কাইরকপা হায়বসি মরেক্কা তারনি। য়াংগ্না কেন্না খঙোয় চেৎপা অথাঙ কনবা মী খগ্না নক্রগা, মী চুস্নংবা ওইনদি অকায়বসি সোয়দনা থোকই। লৈনরিবা য়ুম অহংগী কঃ অমদা লাইগা খুৎকম অমা কন্দুনা লৈরবদি, (মীসিং অহুনা য়ুম অহু থাদোক্লুনা চংশিবা নক্রবদি) কাওবা নক্রগা ভনবা হায়বহু লৈ.ত্র। নোংমগী ভোগদবা লাইগী থৌরমসি কায়দনা সোয়বা নাইদনা সেবা ভৌবা ঙমই। মরম অসিনা ভেংবানবা সেম্বীবা মপু অমা লৈ হায়না থাজরিবা মীওইবসিংনা লাই নীংজবদা, মশানা লৈজরিবা য়ুম মনুংদা লাইগী খুৎকম অমা য়াহনা থম্মি হায়বা মৈতৈগী চৎনরোল অসি থ্বাইদগীখুৎদোংচাবা লম্বেলনি।

ঈস্থুৎলোনগী রাখলদা।

থৌরাযগা হকচাংগা অনিগী লৈনরিবা মরী অসি মৈতৈগী চৎনরোল কয়াদা মখি তাহল্লি। মৈতৈসিংনা থায়নদগী, য়ুম

সাবদা ; মীওইবগী হকচাং কয়াংপু নীংশিংহুনা য়ুম সাই। হকচাং কয়াংকী মক ওইবা মকমশিংবু সারিবা য়ুম অহুদা হকচাং কয়াংকী মতুং ইন্না তারবা মকম কাসিং অহুমা লাইকম ওইনা থমই।

“অভেক অকাঙৈ লৈতবা য়ুমদা মীওইবনা পুক্নিং লৈতানা ইহুনা লৈজবা ঙমই। অনা অয়েক অসোয় অভাম লৈরিবা হকচাংদা, থৌরাংনা ইহুনা লৈজবা ঙমই।”

মৈতৈশিংগী ঐখোয় খোনগী হাখলদি মীওইবগী লুরাই লিল-হুদা য়াইথীরেল সিদবনা লেংদনা লৈবীহুনা ঐখোঙৈ মীওইববু হিংহল্লি। য়াইথীরেল সিদবনা লৈবীবদগী খোয়দোদা লৈরিবা থৌরাংনা মনিঙ তম্না হিংজহুনা তায়বঙ পানবগী অকবা ফংতবা অরাবা লুংঙাইবা মৈথীকী ময়াইবু চুপতুনা মথৌ তৌজবা ঙমই। তায়বঙ পানবগী ময়াই চপচবা কংহনবীরিবা য়াইথীরেন সিদববু থৌরাংনা মতম পুম্নমক্তা লৈশী লৈথোনজে। য়াইথীরেন সিদ-বগা থৌরাংগা, তংন থানবা লৈহনা হকচাং কয়াং অমতগী মতুংদা লৈশিন্নহনা মীওইবগী হিংলিবা পুন্সি হায়বদু ওই। য়াইথীরেল সিদবগা থৌরাংগা থাইদোক্নবা মতমদা সিরবা পুন্সি হায়বদু ওইরে। য়ুমগা হকচাংগা, মীগা থৌরাংগা, য়াইথীরেন সিদবগা লাইনিংথৌগা পান্দমনবনি লমেন্ অসিবু নিঙশিং-হুন, হকচাং কয়াংকী মতুং ইন্না সারবা য়ুম অমসুং কয়াংকী মতুং তারকপা য়ুমগী মকমশিংদা লাইগী শকল্ য়াহুনা. অকাওবা অমসুং অতনবা লৈহনা লৈশী লৈথোনজরিবা অসি মৈতৈগী ইনাংনি।

অসিগুম চৎনরোল অসি মাদেমদা লৈরিবা মীওইবা কাংলুপ-শিংগী চৎনরোলশিংদগী থোকপোক্লা পীংথানিংঙাই ওইরবা চৎনরোল অমনি হায়নিংঙই।

খুদমগীদমক হৌরম অমথক্তং লৌখৎতুনা নৈনজক্লবনি। অসিগুম্বা ফজবা মথল কয়া মৈতৈ চৎনরোলদা যাওরি। তৌইং ওস্সুং ফজবা হৌরম কয়া যাওবগুম; মঙমগা চুনক্রবা হৌরমশিং যাওরিব্রা হায়বগী ময়মদসু হৌজিক ব্রেখোঙনা কুপ্না নৈনফম থোকই। খুদম ওইনা মথাগী হৌরম অমা অনিদং অসি লৌখৎ-লগা নৈনচুনা য়েংশি।

"মঙমগা চুনক্রবা"

লুকোংবা লুপা খুগী লৌন নৈনবগী হৌরম অসিদা মৈতৈ নাৎকী চৎনরোলগী মতুং ইন্না "লুকোঙচুনা নক্রগা চেনবগু ওইর-বসু; মপুরোয়গী থোগল ফংলুরবী, মতম কুইবা কুইদবগী হাকম নৈতে; নোংমতা ওইরবসু খুম পাক্লুরবী চমু অদো মপুরোয়বনা হেক সিবগা "লুপ্রাবী হায়বা মিংথোন অমা পী।" অসিগুম্বী লুপ্রাবী অসি কনা নত্রা ওইদুনসু অকোম্না অনৌবা মপুরোয়বা অমা অমুক থোগল ফংলবা খুম পানবা যাত্রে। করিগুম্বা লম হেক্লুনা খুম পানবা থোক্লবদি; খুগী অচুবু অমসুং খুগী অচুনা পোকপা মচা মগসিং কাওবা মীয়ায়া মথুং চাবীত্রে। মীয়ামগী লাই তিনগী থবক্তা শোক্ল পয়হত্রে। অসুম্না লুপ্রাবী অমসুং লুপ্রাবী ওইরবা মচুংদা পোকপা মচা মগসিংবু অতোনবা থাক্তা থমদুনা চৈরাক (বলি) পী।

অতোপ্পা অমনা য়ুম পাল্লবী চহূনা মপুরোয়বগা পুকচেল খোয়চেল ছিন্নবক্লুহনা মপুরোয়বগা থায়রনরকপ' খোক্লবদি, চহূ অহূ "ভুমন" হায়বা মিংথোন অমা পীরে। চহূ অহূনা পুকচেল খোয়চেল ছিনজবা অতোপ্পা মপুরোয়বা অমদা অমুক য়ুম পানবা য়াদ্রে। করিগুম্বা য়ুম পানবা খোক্লবদি নুপাবী অমসুং নুপ্পা বীনা পোকপা মচা মওসিংদা পীবা চৈরাক অহুমবা "ভুমন অমসুং ভুমনা পোকপা মচা মওসিং বু চৈরাক নংশু পী।" সম্বা ফায়রবনা ভায়বচ মী ওইরবসু নুপী ওইবীগী মপোক্ত, মপুরোয়বা অমদগী চেনবা য়াদে হায়বসিনি।

মথক্কী অসিবগী অমুক য়েন্না সাথীবা অমনা, য়েক মশেন লৌব লৈনবা, সাইনুপ ফিরবা মশেন লৌ- লৈনবা অসিনা অ.ক য়েন্না অকনবা চৈরাক পী। নুপী নুপা অনিমক অমসুং মখোইগী পোকপা মচা মওসিংবু; শাগৈগী চাইগী কাংলুপকী অমসু মী- য়ামগী মরক্তী মখোইবু চৈনখোক্লুনা তোঙাম্না থমই য়াকম অসি শংলাক্না হায়কপ্রবসু য়াবনা থজনবা য়াকমনি।

কবি মরানগীদমক চৈরাক পীরিবা

নুপ্পাবী হায়বসি কনাসু ওইনিংলোই অমসুং ওইনীংদে। নুপীহূনা লমচেনবা নত্রগা ওজবদগী মপুরোয়বা সিগা মংতে। মাইবা দাক্তর অমসুং মরাম চহূনা; শেল থুব অওবা প্রাসল পুখোক্লুনা করনবা হোৎনবদা চবদহূনা সিথিবা চাকনি। মসিবু নুপ্পা ওইরে হায়রিবী চহূ মহূগী মরান ওইকম খোকপ্রা ?

কংজবা মুপা থোকলুহুনা মপুরোয়বগী অমসুং অচৌবা থাঙ-বদা হংবক্রবী, মীওইবনা থাঙবা চবগী পনবৈদগী যেনজিল্লক্রবদি, মপুরোয়বা অদু থাদোক্লুনা মপামদা চল্লকপা. থাইনবা হায়বাসি মশানা ঙাবনি। মীওইবা পুম্নমক্তা পাম্লিবা খঙ্গোয় অচৌবগী হায়রিব চঙসং অসিগীম্তু খঙ্গোয় পাম্লি। করিগীদমক মথোয়না তপাগী অমসুং অতোন্ন হেম্না থাঙহনা মগুংদা চুম্না মমিত্তা মপি কংদ-না লেকন থোকপগে? অদুবা চঙুসিংবু মীকুংশি থজনা মরান শীজিনবা অচুম্বা ওইগনি? মপুক চুমদবা ওজা লা চং চংপা হুপী হুপাসিংগীদমক্তি মশা মশাবু হেম্না অকনবা চৈরাক পীকম থোকই অদুগা মচা মতু কাওবদি চৈরাক পীকম থোক্কে। মতম্তা পনথিবা মীওইসি অমসুং মথায়না পোকপা মচা মতু-সিংদ মৈতৈ ঙীনাংকী চৈরাকসিং অমিনা; লিংজেল মান্নবা; মীয়ামগী অপুনবা কাংবু (সমাজ অমা সাগৎপা) অকায়বা পীরে। খুদম ওইনা হায়রবদা; মথক্কী মীওইসিং অমসুং মথোয়গী মচা মতসিং অদু, মীয়ামা শীদাকতু কিদা জিল্লবীরে। শাগৈ চাই অমসুং মীয়ামগী চাকথুনদা মথোয়বু চঙংদে। মংখ য়না পোকপা ঙীশিং মীয়াম্না থকইদে। শাগৈগী অমসুং খুলগী লাইরবাওবা অমসুং চাক্লোন কংপনচিংবা মীয়ামগী ওইবা লাইগী থৌরমসিংদা, মথোঙ্গীবু লাই পুকদে অমসুং পোকইদে। মথোইসিং অসি মীওইবা মরক্তা পোক্লবসু, মীয়ামগী মরক্তা হিংমিন্নবগী মুংজ্জাইবা শকক অদু মথোয়গীদি থুংদে। মপুক্কি চুম্না নীংঙখদবগী মুং-নাংবগী চাওবা পোক্লুব অমনা নম্লো লেপ্লি।

মীওইবনা মাগী মাগী কাংলুপকী চৎনরোল কয়া সে·ফুনা মনাংকী ওইনা ভাক্তুনা থম্নরিবসি, লিংজেল মায়রবা মপাঙ্গল কল্লবা, থোং মায়বা হিংখিম্নবা চাওখৎলবা কাংবু অম ওইহন্নবনি। অহুমু মৈতৈসিংগী নাৎনি হায়দুনা ভাক্লিবা চৎনবোলনিংগী মতুংদা মথক্কী খুদমসিং অসিগুম্বা মথল কয়াবুক্কা; লৈভানা লেল্লবা পুন্সি, থোং মায়না হিংখিম্নবা চাওখৎলবা কাংবু অমা ওইবগী মহুৎতা মৈতৈসিংবু মচোই মচোই ভাহল্লিবা অসি ভাহন্দবা

নাৎ হায়বসি হোংদোকপা য়াউবা লমেন্না ?

মীওইবগী মচাৎনি হায়না চৎনরিবসিং অসি হোংদোক হোংজিন সেমদোক সেমজিল তৌবা য়াগ্রবা লমেন্ন নাৎ নংতে। মতম পুমম্মক্তা হোংদোকপা য়াই। নাৎকী চৎনবীসিং অসি লাইমক্তা হপেংনা হায়বগা লাইমকী অরেম্বা য়াথং নত্তে। মীওইবনা রাথল লৌশিং চাওখৎলকপা মতুং ইন্না, মতম মতম অংগী চানবা মওংবা সেমদুনা চৎনখিবনি। মদুনা কুইর্শিনক্রগা কাংলুপকী মনাং ওইখিবনি। মীওইবা মশেল্দা অশেং অবাং, অতোন অহাং অচৌ পিশক থায়রিবা পুমম্মক অসি কাংলুপকী ওইবা থাওউথকী দুৎসেম ভাকুনি। থম্নায় পানবসিংবু হিংহন্দুনা মথৌ তৌহন্দিবা; থৌরায় হায়রিবা মশক অহুমক তেংবানবা মপু মহাক্কি। অতোনবগী থৌরাম্নগা অচৌবগী থৌরাম্নগা করিস্মু থেম্নবা লৈতে হায়বসি, কাংলুপ খুদিংমকী লাইনিং লন্নীদা য়ানবগা বাকম্মী। অতোন অভাং, অশেং অমাং, অচৌ পিশক হায়বসি লাইমক্তা, থায়না লেম্নীবম্বা ওইরবদি; অতোনবা অমাংবা মীশিংদি কনা লাই নিংহু–

বস্রু লাই মহাক্না লৌশিনকম থোক্কবনা, অমান থুকম কংকম থোক্লে।

মীওইবগী মনাংকী চংনবোংনসিং অসি হৌগ্রবা মতম অমদা অকবা চুনবা ওইরম্লবস্নু, হৌনা লাক্লিবা চুনরক্লবদি মতমদা চুনবা মওংগা হোংদোকপা হায়বসি ঙম্ভারফদে। থাম্নচৈদগীস্তু লাক্লিবা মতমগা চুনবা মওংদা সেমদোক সাদোক্লনা মথং মথং চংনরকই। মতুদি—শাগৈগী মঙুংদা সিবা নম্রগা পোকপদা যুম মাংবা চাক হেনবনচিংবা মৈতৈসিংগী মনাং অমা ওইনা চংনবি। যুম মাং-শি হৈ মঙুংদা লাই তৌদগা মরী লৈনবা ঙিরাং থোরম অমতা তৌবা য়াদে। শাগৈ অচনা পীক্লিহৈদদি করমই। শাগৈ চাওথংলক্লবা মতমদদি, অমা সিবগী সোরাং সোগ্নিহৈদা, অমুক যুম মাংশিল্লক-চুনা থা ৪/৫ সোরাং সোনবা য়াদচুনা থুংদোকপা কম্না থোক্লক্লবদা শাগৈগী মীয়াম তিন্দুনা শাগৈ অহু ফুরুপ থবা থোক্না থাম্নদোকই। ফুরুপ অমগা অহোম্না ফুরুপ অমগা; পোকপা সিবগী যুম মাংনদে অমম্লুং চাকহেন ঙাহেন তৌনদে। মসিবু "পু তিম্রবা ফু কায়-নজবা শাগৈ কৌই। মসিনা তাকপদি, নাংকী চংনবী পুম্নমক মীওইবনা সেম্বনি। মতম মতমগী থুদোং চাগদবা য়েংচুনা সেম্ম-দোক সাদোক্লুনা চংনরকই। হৌজিকস্তু মতমগা চুনম্লবা নাংকী চংনবী পুম্নমক মতম অসিগা চুনবা মওংদা সেমদোক সাদোকপা য়াইহোয়রবসিনি।

মতমগী থোম্নাও তাগদবনি,
মতমগা চুনম্লবদি সেদোকবনি।

মালেমগী মহোশ্কগীনা কাচিন তোয়া য়োনা, পাক্লবা ইথং কয়া লাম্না, য়াংলবা চীংলোন কয়া কাওনা লাওনবক্লিবা থোক্লাওনি, "মীগা মীগা থেম্নবা য়াবোস্তি, অচৌ পিশক অতোন অতাং অশেং অমাং থাম্নবিবসিং অসি; মীকুংশি থউক্লবা মীওইবগী, থাউজা-থকী থুংলেম তাক্কনি" হায়কম অসি হৌজিকয়ক লাওনিবা মতম অসিগী থোক্লাওনি।

ঐখোইনা থম্মুনা য়েংসি অসিগুম্বা লাম্লাওখোলনা অভিংবা কুম্না নিম্নকুবা মতম অ'সদা, ঐখোইগী ইনাংকী চংনবী কয়াশি, "অককুবা মতম লৈতনা মরান লৈতক্লবা মী কয়াবু; চায়োন তুরোন মশীং কঙ্কনা চৈথাক (ফতি) পীহুনা; মখোয়বু মীয়ামগী মরক্তগী কাওথহুনা থম্নীবা চুম্লিবা ?

মপু অমতনা লেম্বা, থেম্নবা লৈত্রবা, তাম্বঙপান অসিদা থাউজাংথকী থুংলেম, নাংকী চংনবী কয়ানা মীওই কয়াবু নাংকী কৈতমসঙদা চংনবীগী য়োংফিত চন্দুনা, মীওইবগী থখোয়গী লীং তম্বু থি শি। মখোয়গী পুক্নিং মীয়াম তিনবদা মায়থোং মকা লাম্বা কংকদে। মখোয়বু কবিগীনো, নাংকী কৈতমসঙগী কোনখেম মথুংদা য়োংফিত চন্দুনা থম্মীরিবা ?

মৈতৈ ইনাংকী চংনবোনসিং অসি হৌজিককী মতম অসিগা চানবিবনা কদায়নো, চানত্রবনা কদায়নো থম্মোক থনজিন তৌহুনা নৈনরগা; চানম্রবসিংবু মতমগা চানবা মওংদা হোংদোক্লুনা; মচোই মচোই তাংনক্লবা থয়াম লুকথক্লবা মৈতৈ কাংবু অসি; মপাঙ্গল

কল্লবা লিংজেল যাম্নরবা, মীগা মীগা খেন্নবা লৈন্নবা, খোং যাম্রনা লিংখিন্নরবা, লৈতানা লেন্নবা পুন্সি অমা ওইহল্লসি। মাইকৈ মৈতৈসিংগী মীংসেং খঙ্গীবা অমসুং অনৌবা খোংথাং অমা লৌনবগী মতম চান্নবনি।

থৃঙ্গাম-চা বুদ্ধিচন্দ্র
শিংজম নিংথোউখম লৈরক
ইম্ফাল।

---

## নিপাললুবা মতাং

# তাইবং সেম্বা মপু লাই

ঐ—মপক খংবা মীওইনা (ম্যাই) এপক খংবা কৌই। ঐ—হায়রবদি থম্বাই মপক খংবা হায়রবনি।

অফি মরু—পূ:কান্তগী চাদা নাওনরবপা .... .... .... .... লাইগী শাচং লিচং চংলগা (লাই) মীলাই ওইবা হায়রবসি ........... উমং লাইনা গুপমনি। লাই মখোয় খিবিকম্ব ........... থুমাক মচা ওাকওম তৌই।

১। মীলাই হায়বগি মফ'ঙী কয়াং পেপুক চুংবা অহোংবা থমদবা, অরানবা চংহবা, চুমা থংবা—কাইদা লাম্লাকুঃ থদুবা, মীওইবু। ঐবুসু থদো, মীবুসু থবো লাইবুসু থংবা লাই।

২। মালেম ফাংথোং (১) লাপ্পবা—উজ্জিবা—থ,পহবা॥

৩। নকচাংগী কয়াং (১) নকন্দ্রবা- নকনক্ষত্রবা নকপদগী উত্রবা "ঐ"॥

৪। য়াপ্পা—লাপ্পা নক্লবা॥ য়াপ্প নক্লা থাপ-,বা।

৫। উত্রবদু উবা ঙম্মা॥ হায়বা ঙম্মা॥ থংবা চুম্ন ল ই

.... .... .... মীলাই .... .... —.... ... হায়না লৈশি লৈথোক্‌লে॥ লোম্বা নাইদনা মীংলেন লৈরে'ই॥

অইবা মহেক থম্না আসদগী পাথোকে মালেম ফাংথোং ১ নকশিলগে নকচাংগী কয়াং ১ ইগদবদু চেদনা য়াংহনা তোকনি।

মী .... .... .... লাই .... ... .... পুম্নমক্কা থোককয়॥

১। পাকথোক্লা থোয়ককে } অয়ংভা
২। শিকসননা থোয়ককে

১। উমম্মা .... .... .... কোইনা থিবা

২। উ মথোংনা .... .... — নক্লা থিবা॥ কোইনা লাপ্পা থিবা॥ নক্লা থিবা॥ হায়বা মগি পোংশকতি অয়ংভনি।

অদিবা :—
ইবেংথম স্নাতোন
য়াংথৈ শাংফম লৈকাই

---

## মাপল শুবা মতাং

# মঙাংগী পাওতাক ওইরবা

তাং ৮ । ২ । ৮১ ইংদা মা কোম্নুং দরবার হোলদা লেপখিবা মিটিং অছুগী য়ারেপ মতুং ইন্না ঐ নিংবগী মচাক ওইরবা য়াহৈশিং অসি লানথংচরি ।

হায়রি হয়রাংদে, লূনা হেন্না য়াংনা কোয়না মালেম শিনবা থুংনা নম্ভিক থাঙমদবা লৈরোয়ব ও । লুবাং নহাক্কি পাওবংবোন মী-ওইবগী ফকচাং থিজুপ অঙম কায়রাং মাপনগী থক্তিক য়াকথলো উনবী পুক্নিং ভগ্না পুক্নিং শেরোং নিঙনা পাইমা লৈচঙনা ...... ভা-ও । সে সে লৈরোয়বা, মীওইবগী মপোকপে য়ান্না হাঙদবা মপোক্কে, অহুবু মীওইবনা মানা মানা ভৌক্কযনগী মহৈ ফংজবনি । মশাগী কায়বা ওইজবা পান্না মপুক্নিং অয়েঙ্বা লৈতব মশাকগী হোংনবা লমচং শাজং কায়বদগী অরাবা ফংজবনি । মী-ওইনা পোকপা মপোকসিদা ভৌকয় থঙদনা, ঈশিংথক্তা কচ তাওবঙুম মঙলানগী সুংজাইবা ঈপাক্তা তাওহনা মপুক্নি লেপদ্রি হে পুরাও লৈরোয়বা হায়বসিদি পুক্নিং মথন মথেন নাইহে কনানা হুংজাই

থৌংনি। মতুংদ্রা লাই অমু হংজবা হায়বদি হেক হংবা মাদু লুরাক্ত ও, অসিনা, অথাপ্পা অনকপদা চংদুরগম্ম মী মহাক মচুনা মপাঙ্গল কল্লিবৈ রাথরা লাপ্পা কংলিবৈ, মীওইবগী চাকচা কমকম লৈচং শাক্লং পরিষ্ট পথাপ কাম্মদনা পুক্রিং অরেম্মা লোয়মনা মশা মশক থন্না চিন্তনু লাইবু নিঙজরবদি শিরবল্ল য়াংদো লম্বী লম্মুক্রদনা চংশিল্লনা মপু মাগী নাক্তা অন্দনগুমনা পল্লুবা য়াই। মতুমক্তা থোক্লবদি য়ারবোই, পোক্লবগা মানা মানা তেঙ্গমনগী অক ফত্তা মতৈ কয়া কংজ দবনে, মরম অদুনা মীওইবা থরায় পাল্লিবগে থোকপা শিবা হায়বসিদি, থরায় পানবা পুম্নমকসিনা কাউরেল শল ওইবগা শিদবা কুরুনা শংথেল নহা ওইবগা অচং চন্না থরায় পাল্লিবা থৈবকনা থাম্লিবু কোন্থোক কোংশিন তাথোক থাশিন তৌদুনা শান্নরিবনি। কুইম্ম অমু লোইশিন্নগে হায়রবদা মী ওইবনা নত্তনা কোরৌ মালে কুলিং থা থৌরাং মিচাক অচং-চন্না লেইনি পাল্লিবা পুম্নমকসি লৈরিবসিগু মী ওইবগী লৈরোক্ত লৌবনি। পুম্নমকসি লৈখিদ্রবদা চিন্তনু লোংখ্রবগী থৌশিন্না ইনৌ লৌনা লেমম্মাংশ গন্নুনা তাইবঙ পানবা অমা অমুক ওইরকদবনি, অসিগুম্না মী ওইবা থরায় পানবা অচং চন্না পুম্নমকম্ম তাইবঙ পানবা অং শুম্বনিনে লুরাক্ত।

মরম অসিনা তাইবঙ পানবসিদা চিন্তনু মনাক্তা লাংরেল থমদুনা, থরায় পানবা পুম্নমকপু অপক লাংদা থমদুনা চিন্তনু মাগী লাইকল্লেন থোয়ুম মাগী লাইহিনকোন অরাং কোরৌ নোং লাইরৈপাক, চকথোম থাম্বীনা থোক্ত খিংবা নমু পোংলাইমনা

মৌঙমদা মীরাইমনা কংঙমদা হৌরাই সুবা কুমদম শঙ. খোন-ঙরেং কম্বাম্নাং মশানৌ লাংওন চাওবী লৈমরেম্বা চিংঙু মাগী ওইরোম থাবী ওইনা খৌগল্লবগা ম্না চোঙলেন থান শেকপিন লৈনা মখোন মাপম খেংগম্না কোম্নৌ নোংজা ভরেংনা খৌগল পুক্রিঙ হু, চিংঙু খোঙকম লেঙদনা খোইযোম লাইরেম্বীগা চেংলৌ থিংকম হোংদনা ভাইবংনা শাগ্নরিবা কুমৈবু উনবী থাম্বদনা য়েংলিবনিনে হে লুরাঙ। চিংঙু মাগী লাইকয়েনবু থরাম্ন পানবা কনানস্থু য়ৌবা ঙমলোম্বয়. হে লুরাঙ পুক্রিং পীনা না-ভা-ও, ভাইবঙ পানবসিবু ভরঙ ওইথিবঙ চিংঙু মথল্লভাইদো, চিংঙু মাগী মকয়েনবু হাম্না শেগ্নবগা ভাম্নবং পানবা ওইরকপনি, হালেন হানবা মশাদগী মশা-নৌ পুখোক্লবগা চারি মপান থা, লৈ নোং মউ লিংহুনা অচং চস্তা. পুম্নমকপু পুখোক্লুনা ভাম্নবং মপুং ফাবনি। অহুনা হে-লুরাঙ ও চিংঙু মনিং ভম্না লাংওন তৌহনা ভাম্নবদা শাম্নবা কুমৈনি, চিংঙু পুক্ক শিদববু থঙজরবা থম্নাম্ন পানবশিংদি কুক্ক মশামক্তা থংনবা পাংথক্লে। অহ ওইবা নিগী ভাম্নবং পানবদা লা য়েন চামনিপানবু থম্ননি. মশা মশক থঙজরবা লীচং-শাজ্রং চুম্নবা পুক্রিং অরেপ্পা ওইবভনা, ভরং ঈপাক লান্দুনা চিংঙু মাগী লাইভিনকোন কোম্নৌ নোং লাইরৈপাকপু য়ৌবা ঙমজ্রগদবনে।

লাইনা পানবা হাম্নবদি কোম্নৌ মালেম শেম্না হৌবদগী লৈশেম্বা লোইবা কাউববু, চিংঙু মপুরেন শিদবনা পানবা ক-হাক্তা চক অহানবা, পাথং য়োংরেনববা পানবা খোই হক্তো চক, কৌব-যেম্না পানবা পোই হক্তো চক হাম্নবিবা চক মরি অসিবু লাইনা

পানবা চক থাবনা কৌই। চক মরি অহি লোমথিবগা অহিংমা শিবকী লাংওয়া নিংথৌ কাংবনা পানখক্লিবি হরি-চক মীগী চক হোরে, হরি চক অসিগী চিংডু লাইবু নিংবা কৌরক্নে, অহিংমা শিনবনা তাকশিন্নবা হৈনা মচুং ইন্না। মালেম লৈথোকপরেন কংলা ম্না য়াইকোন্ডংগী অকোয়বা মায়কৈ নিপানদা. নিংন পুং নিপান লৈবগী নিংথৌ কাংবদি হরি চক মথায়, চন্নকপদা চিংখ য়াইংক্ল উমংলেন্দা লাইনিং পরৈ হোরগে। মপাগী তারি লৌশিংবনা হরি-চক মতোল লোম্না, নোংপোক মিমরি উমংলেন্দা লাইনিং পরৈ চেংখি। তাগী লৌশিংবগী মপাগী শাকপ্লদি. মৈচম থমরি উমংলেন্দা লাইনিং পরৈ চংখি। শাকপ্লগী মপাগী রাংকাপ্লদি থা থংবা লি মরি উমংলেন্দা লাইনিং পরৈ চংখি। রাংকপ্লগী মপাগী ককতুবদি, শম্নোং লায়চি অমরি উমংলেন্দা লাইনিং পরৈ চংখি; ককতুবগী মপাগী ভোলোংবদি, নোংচুপ পাংবা নি-মরি উমং-লেন্দা লাইনিং পরৈ চংখি। ভোলোংবগী মপাগী পিতিকোইদি, লৈপাক মীয়াম পূন্না হপ্না উমং নিপানমক্তা লাইনিং পরৈ চেংখি। পিতিকোইগী মপাগী লাম্বীচাদি, খুন্নয় লায়চি শিমরি উমংলেন্দা লাইনিং পরৈ চংখি। লাম্বীচাগী মপাগী শপাইবদি, অরাং থীঃ মক উমংলেন্দা লাইনিং পরৈ চেংখি অহনা হে লুবাহবও, হরি চকগী পানখিবা নিংথৌ পুরমক কংলা ম্না য়াহিকোনগী মায়কৈ নিপানমদা লৈবা লাইনিং কম নিপানমদা, লাই মিংনরমী মহুনা লাম্ন-থৌরম ওইরগে, মথাই তপতোংপান থেংক্রুচিং হাম্না লেখা কোম্না লোইবা মালেম লৈথোকরেন, কংলা ম্না য়াইকোন্ডনা

থোইনা হেনবনে। হায়রিবা নিংথৌ মরোলশিং অসিদি অয়েক্পনা লাম্বরে, মতুংদা মীপা লাইগী চঙ্‌নরবদি য়াদনা লাই কংবা যারক্‌লে লৈচং থাজং কায়শিলক্লে যাহিপ চাকচা কশিন্নকলে। অহুনা মী ওইবশিংনা অয়াবা ওইনরক্লে চিংথু লাইগী লৈথোং মুংশিল্লক্লে, থোয়োংদবা কয়া থোরক্লে তাংথোইদবা কয়া হায়-রোইদবা কয়া মাওইনরবগী মানা মানা কৌক্রমনগী মহেন্নু মতোম্মা কংক্রবনি। হায়বথ পানবশিংদি খোয়ুম লাইগা মী ওইবগদি মথৌপাগী ওইনা অহুম মতায়, থম্মোই চেংনা অয়েক্পগা লোইননা লাইনিং পরে চেংচরবদি য়াম্না নক্লা লৈবনি। অনিংবা ওইনা লাইনিং পরে চেংপদি নাওয়তোং হায়বা শিংচেল লৈরাংগা পাংথক্লি, অকংবা তনা উ না তুম চায়বা পংলবা পুম্নবা তুশ্বনে।

হে লুরাও লৈকোয়বও নশা মশক থংদো থরায় মশকপু লেপ্পা থংদো, মীওইবগী মশাদা মরম তকক্লা য়োম্মা পুরিবনে, হায়বদো য়েংলুগনো হায়রবু তাকগনো তাংহৈদবা তাংলুগনো পায়-হৈদবরু শোকলুগনো চঙহৈদবরু চঙলুগনো, মিংনে—নানে—না-তোয়ে চিয়ে খুংনে খোঙনে তকক অসিনা পুরিবনে তকক অসিগী লুচিংবদি পুক্লিংনে। পুক্লিংবু কাজিনবা হৈত্র পুক্লিংনা খাইগী মরুনে, পুক্লিংনা লেংক্রবদি অয়েক্পা কংবনি নপুক চুপ্পো হে-লুরাও মহৌরু হায়বনে. নহাক্লা লম তোয়না চত্নুনা থিকহুনম্মু উমং অশোংবদা লৈকহুনম্মু হৈকং লৈকং ঈরাং থৌমি কয়া তৌহুনম্মু থিবা কংলোই উবা কংলোই নাকোংনা তাবগী মথে - ঈশ লৈতনা তাক্কনি চিন্না লোনবগী মথে লোনগনি অয়ানবা

থুকথদি কংলরোইরে। শিনবা মহাক্তি অচৎ চত্তা পুক্ষংক্তা লেংননা মকম পুম্নমক্তা পৈবনি, মপান মরা তৌকম শাংক্তম থিবা থঙদবনি চাওগে মনিং পিকে মনিং শিবা লৈতবা পোকপা নাই-দবা, ভবং মালংদ: মংতোম মঙায়বা মতোন্নপী মশানা তাইবঙপান্ ওইরিবা পোকপা শিবা মহাকী থৌশিন্নি, মহাক্তা হিংহন্নি মোক-পিরি পুম্নমকী মপানি পুম্নমকী মমানি।

হে-লুরাঙ লৈংকোয়রও মপু মাপী মভিকপু থাঙমলোইরে, এবা নহাকী হায়রিবসি পুক্সিং পীনা না তা ও। নংনা তাইবংগী অরান থুকম কংগে হায়রবদি. মী ওইবদি পঙংনা পান্নি তাইবংপান অপ্ংবনা যাং ওইনবা তাইবংনি। ঙসি হয়েং হায়বা তৌগনো হাওনা চমফুং চাউ. কনা কদি :শংলো, ভকলৌ শিদং পোনগনো নরান থুমন্নুং শেংও, শম্ন মহাক মকহনগনো, উনবী পুক্সিং লেপও, য়াথং রাচুম ফুও, যাইবী থরায় ভাকও, ভরা চাকভং শেংনা চাও, অালোর হণ্ডম নিংও, পথুম লৈনেম পকনোও, মহাক মশক থংও, লাইবু মশক থংও, নশাগী থোরককম মশক থংও, লৈকম মশক থংও, হন্নিনকম মকম থংও, ঙসি মশক থংও, হয়েং মশক থংও, পালেম পঙ্গো থংনা চংলো, লাই ওয়বা কুক অহল অমম থংনো চংলো, যায়চৌ যান্ননৌ মশক থংনা চংলো, ফুরা হৈত্ত, শিবা মশক থংও, হন্নকী মপোক থংও, হয়েংমুকী মপোক থংও, নশাগী থাগী থোংচু থংও, নুশাগী শিন্না শেংবা হৈত্ত, লাইক ঈশেং থংও, ঈক্ষ শাঙ্গেং হৈত্ত, ন্নাইক ঈশিংগী থোংচং থংও, হায়রিবা লীচংশিং অসি কায়দনা থংনা চংকদবনে। লীচংশিংসি কায়দনা চংচন্নবদি

লুরাঙ, কোরৌ লাইরৈপাক্তা হনখিবদা অপনবা মৈতনা য়োকপ-মবনে অসুম থংও ।

ঊনবী পুক্কিং য়াংবা, কলাউ মৈবা খোকপা, লন-পাম ঊখো লাংবা, পুক্কিং অঙক চংবা, নাপন মযায় কাবা, মেক্রু পাওবে চেনবা, মীনম ঙ্মান মৈবা. লোশিং লাংথাক কনবা মশাগী ওইজবা খিনা থরায় পানবনু কুংশি হৈহবা মীগী অরাবা থংনবা. মীগী মাঙ নবা হোংনবা হায়রিবা জীচং অসি থাদোক্লগা চিংঙু লাইবু নশাবু মশক থংনা নিংগদবনে । লুরাঙ নংগী শমু হকচাং ফিজুপ মাপনমদা লৈরিবা চিংঙু লাইবু মকম থংনা, লাইশক ঊনশক থংনা মাইবী থরাবগী মপু থংনা, নোংদমবা শিদবা কুক মহাক্তী কণী থংনা লৈ মব'দ, নহাক্তী হৌমকক থংনা হক্কিনজগদবনে তাইবঙ অময় ঈপাক অচৌবসিগা লুরাঙ শমু নহকশাংগো অমত-নে । অচুনা হে লুরাঙ শমু নহকশাং থংনা চিংঙু লাইবু নিং-জাও মসিবু মী-মক্ক; মী-মহেন, থরায় চঙখোনবা মীপোক মাইকবা লাইবু নিংখা কৌয়ে । অসিকুমগী মকমদখি হয়েং তাইবং ঈপাক লাম্ভমদাইদা শিদবা কুক মহাক্কা লমজিংবিজুনা, মপু মাগী পুকমেন চিংঙু লাইগী লৈপাক অথোইবদা য়ৌখিজুনা অমত্তা ওইনা তিন-থিগদবনে । হে-লুরাঙ নখোয়গীদমক হায়র:নে পঙগনো শিংও ওমথৈ লৈঙবা লোইবা লৈয়োইদবনে অসুম থংজো ।

অসুম হায়না নিংথৌ মাওথিখোং মহাক থক, লুরাঙনচিংবা মচা মনাও হকচুমরিগী মকমদা মঙাংনা তাকশিখিবনে । হে

মী ওইবশিংও মচাং মপাওতাক লৌচং শাজং পুম্নমশিং থওনা কায়দনা চংচরবদি, মীপোক য়াঠকবা থবাব চঙথোনবা লাইবু লিংবা ওইরগদবনে, হয়ি লায়না পোল্লসি হয়া লাওনা শৈথারসি।

শিন্নোকচবা :—

খজি. যোইবাংথেম ইবুংতোম্বী টৈটৈ

এম্ম থৌবুবেল

কংলৈপাক মৈতৈ জৈনাং মরুপ য়াংথৈ।

এম্ম সেক্রেটরি মৈতৈ লাইনিঙ (পাথংবা মরুপ) ১৯৫৬ ইং



## তরাশুবা মতাং

# মৈতৈ অমসুং মীতৈ

ঈনিংথৌ ইবুংহো, ঙসিগী মীকম অসিগী মরায় তাংখল লৌবিরিবা, সনা কোম্বুং লোয়শঙগী পণ্ডিত অচৌবা অহুগা ঙসিগী মীকম অসিদা য়াওবিরিবা অহল-লমন, মরুপ মপাং পুন্নমক। ঐখোঈ মৈতৈ লৈবাক অসিদা লেলহৌরৈদগী লৈরকুবা তম্পাক অসিদা লৈরিবা কাঙলুপ অসিবু মৈতৈ হায়বনা চুমলিবরা নত্রগা মীতৈ হায়বনা চুমলিবরা হায়বসিগী মতাংদা ঐনা খঙজবা খরদং তরাংগী শঙদা থমজগে।

কংলৈ মৈতৈ লৈবাকী মরোল ওইরিবা তম্পাক অসিদা লেল হৌরৈদগী খুন্না-লৈকাইনা লৈরক্লিবা মীওইশিং অসিবু ঐনা ঐপু শিংনা মৈতৈ হায়না অহুম হায়নরম্মী। চহী ৩৪/৩৫ রোম অসিগী মমুং অসিদগীদা মীতৈ হায়বনা চুমী হায়বা ;বাকম অমা খরা খরা হায়নরকপদগী লৌকিকি মসিনা বাকম অমা ওইনা তোনরক্লিবা অসিমক ঐখোয়গী খোইদোক্লা মাইথক থীবনি। ঐহাক ঈশাখকী বাংখলমু মৈতৈ হায়বনা চুমী হায়না লৌতৈ। মরমদি :—

মৈতৈগী অহল-লমন লাইনিং পরৈ চেংলবা কয়ানা থগীরবা লাইরিক কয়া অমুগা মথোয়না তাকপী-তম্বীরবা মতুং ইন্না "লাই-নিংথৌ পাখংববু মৈ কৌবা লাইনি হায়না ঊবাংনরম্মী। মথোইনা তাকপিরবা মতুং ইন্না হৌজিক কাওবা লাইনিংথৌ পাখংববু মৈ কৌবা লাইনি হায়না নিংনম্মি; শোয়রি অমম্ভুং ঊবাংনরি। মৈতৈগী সলাই ৭ (তরেৎ) হায়চুনা লৈরিবশিং অসি লাইনিংথৌ পাখংবগী মচা মচাশিংনি। ময়ম অমুনা মৈতৈশিংনা মৈ কৌবা লাইবু চেংনা নিংনরি। মৈ কৌবা লাইগী মচা মচানি হায়বগী রাখলদা শিরগা মৈ থাচনা হৌরককমদা। অমুক ভিন্নবনি হায়বসি অচেংপা রাকম অমু মরেক লানা হৌজিক কাওবা চংনরিবা অসিনি। মৈতৈ রাকৈদা "তৈনরকপা" হায়রগা চংথরকপা/লোত-থরকপা অমুগা "তাযনা" হায়রগা "থাপ্পা" লৈববু থকনৈ। ময়ম অসিনা মৈ কৌবা লাইদগী তৈথরকপনি, মৈ কৌবা লাইবু চেংনা থচনা নিজবা, শিরগা মৈ থাদুনা মৈদা তিনবা কাঙলুপনি হায়-বগীদবক কাঙলুপ অসিবু মৈতৈ হায়না থকনৈ।

হায়রিবা কাঙলুপ অসিবু মীওইবনা লৌচৎ কোনবগী ময়ম থোইনা লৈতে। মীওই থবনা কায়রি। মতুদি :—লাইনিংথৌ অশীবন মালেম শেমলকপা মতমদা তাইবং মী পাবা তৈরমুনা অতিয়া সিদবগী মিতম লৌরগা তাইবং মী শেমখ্রি। মতুংগী লৌবগা মীতৈ হায়গদবনি হায়বা রাকম অমা পুথোরক্লি। তাইবং মী পুরমকপু মীতৈ নত্রগা মৈতৈ কৌরগা কাঙলুপ অমগী মপক তাকপদি য়ায়রোই। মালেম অসিদা লৈরিবা তাইবং মী হায়চুনা

লৈরিবশিং অসিগী মতুংদা য়াম্রবা কাঙলুপ খাগদোকুনা লৈরবনি। তোংতান-তোংতানবা কাঙলুপ থুনিংমকপু কাঙলুপ থুনিংগী মখক খঙনবগীদমক তোংতান তোংতানবা কাঙলুপ/কাঙলুপকী মখিং খোম্লুনা লৈনরিবনি। থুদম ওইনা হায়রবদা আফ্রিকানশিংবু মৈতৈ হায়কবা য়াবোই. অর্থনিজ, জপানিজ, তাংখুল, অমাদ কবুই, মখিং, খোংজাইশিংবু মৈতৈ হায়কবা য়াবোই। মৈতৈ হায়কবা য়াদবগী রাতনি অদুগা মখোয়শিং অসিসু তাইবং মীনি, মখোয়শিং অসিগা মৈতৈশিংগা থুংলেন অমত্তনি হায়রবসিদি লেংবা য়ায়ায়াইদবা রাকমনি। মরম অদুনা অভিধা সিদবগী মিতম লৈবগা শেমলিবা তাইবং মী ওইবনা মীতৈ কোপদবনি হায়রব রাকম অসি লৈনবা রাকমী, চংনবা য়াবা রাকম নত্তে।

অদুগা কনা কনাগুম্বা অসিগুম্বা হাক্ম অমা পুখোরকপন্থ য়াওই। মতুদি :-অরিবা পুয়া কয়াদা "মইতৈ" হায়বা মরেকপু অসিনা ইবা কয়া থেংলৈ। Garmmar গী মতুং ইন্না "ই" অমী "ি" গা মায়না লৌরগা "ম" দা "হি" ঙমগা "মিতৈ" হায়না পাগনি হায়নরকপু য়াওরি। ঐগী রাখপদা রাকম অসিবু অচুম্বনি লৌবা ওইকদে। মরমদি :—"হি" হায়বা চৈতপ অমী লৈবা মতমা "মইতৈ" হায়না ইরবদুবু "মিতৈ" ইখোকপা অমসুং মসিগী মওংদি হায়বসা য়াবা ওইকদে। যৌক্তিকমক চংনরিবগী মতুং ইন্নদ্ধ "মইতৈ" হায়বা হাটে অমী "মৈতৈ"গা চপ মাবা হাইদনি। খারনগী মহৈনশিংনা অকম অমাং কুপ্না য়েংলগা ইন-বর্নি। "মৈতৈ" হায়বশিনা অয়াংবা হাটে ইবকপা মতমদা

"মইতৈ" হায়না ইনরম্মনি। মসিনা কৈদৌ তৌদনু "মিতৈ" গী মাইথোংবদা পুশিল্লকপদি মায়োই।

ঐহাক্না খ্বাই অৱাগী মকমদা অরোয়বা ওইনা হায়জনিংবদি মৈতৈ লৈবাক্কী ময়োল ওইরিবা ভম্পাকী লমদম অসিদা য়েন-খোংবৈদগী খুন্দা-লৈকাহনা লৈরক্লবা কাংলুপ অসিবু "মৈতৈ" হায়বনা অচুম্বা ওইগনি। মাকম অসি ঐনা লৈরেমলোন অরিবা, লৈখক-লৈখারোল, ইরেংবা পুরারি অমদি থিরেল লামাং কোৎবা পুরারিশিং অসী য়েংজবদগীসু অচুম্বমক হায়না লৌজরে। হায়-রিবা কাংলুপ অসিবু মীতৈ হায়না লৌননবগী মতৌ চাবা মরম লোইনা মৈতে হায়না খ্বাই অৱাগী মকমদা থমজরি।

খ্বায়গী :—
লাইথুরাম ইবোবী
মাংথৈ কৈথেল অপাংবী, ইম্ফাল।



তচামাংথোই শুবা মতাং

# ঐ হায়বসে লাইনি

কুক মৈরবনিনা মহৌশা ওইবা য়ুমকম লৈগনি মহাকপু লহান লোং মালেম হৌটৈ, মৈ, ঈশিং, চুংশিং, অহিংবা লৈপাক মচা অসি লৈকম থোকই। তাইবং পোকপদা থিংকোক্লে থিংকোক্লে, হায়বা অসিনা মচা অসি পুলশিনবা মতমদা তাইবং ওইরে, মরমদি মাই হায়বা মশক কুয়ে থাইদোক্লগা মমিং অমমম ওই মহৌশা ওইবা থুংলেম্বা পোকপদগী থবাই জীবগী হিংমবগী চিঙাক লোই-নয়কই মীগীত ইমাগী থোয়াংনি হায়া শেমলবা য়েকমগী অচাংবা শকক্লা জীবনী, অচৌবা শকক্লা মচিনজাক্লী চুগজাকী মপালগী লৈখিক্লা নাকন্দা পাম্লীবা মরুগী মশমদা মরু চংই মপাল শাংডবা চুগজাক্লা মরু চংদে রাখল লাই ওই ঐ হায়বা অসিনা কুকগী মশক্লী লাইগী মশক উদে রাখলগী মশক উদে, ঐ লৈরগা রাখল, মরম অসিনা লাই হায়বদো ঐ ওইবা তাবনী শৈরেং ওইনা নিংশিংজবি।

.লোংজম মদনচান্দ

---

# ৱাকৎচবা

মপুংগী থৌজাল লৈরবা, মহিক মখাই লৈরবা; ইবাই পুম্নমগী মশক ওইরবা ইশা ইপল, ইরুপ ইপিক্তা পুম্নমক্কী মকমদা ঐহাক্কী পামজবা কোংদোকপা হৌজক্তবা রাইম থরদং খ্রাই ১৮ গী ড্রাকং থৈবা থৌজালদু ঙিক্তবগা রাইম অসি থোংদোকচবনি।

"মৈতৈ" "মিতৈ" হায়বা মিং অসিগীদমক্তা অহম ক'হং・ য়েংনবনা ইথৌ কয়া পিংনরি :— মসিমক্তী য়েংনবিবা অসি কথক নত্তগা কাম্নবা জাংনা অপংবা ঐহাক্কী রাখলনা কংজবদি রাধা মরম ওইবা য়েংনদবা রাদবনি নত্তবদি ইপোং মশক খংজদ্রবা মীগী ওইথিবা তাবনি মরম অসিনা ওত্তায়কমনা অচুবা মশক খংনা ঐগী অপেংবা ইবন থংননবা য়েংশৈবা তাবনি। মখল অমনা ঐখোয় মৈতৈ মচাগী ওইবা পুং ইশৈ পুংজোমগী পুংজোম্বা কবনা ভগোই শারুবদা মীবৈবাক্কী শৈরকপা থনা অমা হিন্দুগী মাধা ফুকসী নিলানি হায়বগী হিন্দুনা মুখদি হায়বন্তু তামথিরবা মত্তে। অসিংত নত্তনা মৈতৈগী খুইকম থয়াত্ত হিন্দুগী লাইনী থমিং থোকিদনা হিন্দু কাংবুনা মুখবা হোৎনরি। মরম অসিনা মিং হায়বা অসি রাখা পুনা শেংদোকপগা মক ওইবা ইশৌনি থৈ।

অচুবা অশেংবা খংনবগী পাৱৈদি :—মতম, মফম; মরম অহুম অসি য়াম্না মরু ওইবা যুমফমী. মথুদি পোকপা, থিবা অহুমু পুথোক্নবা ঙম্বা লৈবা ওইরি। অসিগুম্বা অহানবগী মিং অসি কৌবগী মরম নৈনব থোকই। মথুগী পুদম শীবা ওনপ্রবদি থাংজ খক্তা অপাম্বগী মতুংইন্না হেক্তা থোক্কিনবা ওইগনি। মাথল নৈরবা ইরুপতা পূর্ণমক্তা অমুক্তা মূম্না থম্বিগনি। হৌজিক ঙাইহাক্কী ওইবা ইকাই খাংদা হায়দোকপিবা য়াকন ওননবা তাংদুনা অয়ানবা লম্বীদা খিংথোল থম্বীয়মলগা চুংদা হৌরকপৌবিবা নহা-রোলশিংগী লম্বী লাম্না থথলমখনা অকন্বা ওইরোই। মীশক মীয়াই য়েংদুনা খিচং কনবনা অচুবা শাপ্রবদি লাইথুং মথাক লাই-মল মথাক নৈহৌবনা উক্রোং মন্থুংদা নৈ লোংপা তাগবি নিঙ্ঠে মরম অসিনা য়াম্বিবা মথৈ অচুবা লম্বীদা চৎখীনবা হায়জবি। মতম নৈবা থিবিক্তা অহন মথা লৌবনা য়াইক হুন্তাইবু পূরকপা ওনগনি হায়বা অসি ঐহাক্কী থাজবনি। য়াইচৌশিংনা হায়বিরম্মী মথুদি :—ওইদবা অয়ানবা তৌবগীদি থুনা মহৈ চায় ফুং কোইবা য়াদে ঐগী লম্বী থুরকই। অচুবা চৎপগী মহৈদি ডম্না কংই। ফুংশাংই, লম্বী পাকলকই, হায়বিরম্মী। মরম অসিনা ইশাগী ইরন ইশা ইশানা চুমথোকপবতদা য়াইকবা পূরকপা ওনগদি। ইমা নৈথাকপু অমসুং ইপা নাং ইপু নাংপু হুংশি.বিদুনা থৌশিন-বিরিবা ইচিল ইনাও পূর্ণমক্তা খিচং মিথাই নাইবিদনা হৌকম শাংকম খিশেং চাকচা অরিবা লোক্লগা চাননা খিংগৌ থাংগৌ থূদম চাংলম চান্নদুনা য়েংবিরম্মী অশেংবা অমা লেপথোকপীরবা

তৌবিয়ু।   অচাংবা খুদিংমক্তা ঐনা হায়রিবনা অচুম্বনি হায়দুনা মচৎনখিবনা অয়ানবদি অমত্তা য়াওদবা অদি য়াংলমচৎতা য়াম্না থেংনজরে।   মতম তমক মশিংপা অয়েংবদি খংদবা অসিতদি থোকহনবিদনবা খ্বাই ১০ মক্তা নিজরি।

এলাংবম মণী মৈতৈ থাবজানবা
শিংজমৈ থোংজাম লৈকাই
ইম্ফাল।

